

মইবা

লাইশ্রম ৬ রাধেশ্যাম সিংহ

থাংঙ্গা খুনজেম লৈকাই।

কোংজবী :— সলাম ওংবী বিমোলা দেবী

থাঙ্গা সলাম লৈকাই ।




মথুম রেকপা :— নিলাচন্দ্রা নিংথৌজা

থাঙ্গা খুনজেম

কপি :— ১০০০

পুথোকপা :— ইং ১৯৭১

মমল লুপা ৭/-

নম্কম :— নিমাই এণ্ড সন্স প্রীন্টিং রার্কস

পাওনা বাজার, ইম্ফাল ।

# ৱামাঙ য়াঙ্গবা

তাইবং মপুগী থৌগন তৌখ্রবা ঐগী ইনাও রাধেশ্যামগী সুংশি কবিতা "কমলা" থেংনরুই উপুগী কাচিন অমদা, থেংনরুবা পারুবা খুদক্তা হরাও-তুজুংনা থনখি, লোইনাই শিন্নাইদ্রবা মিংচং অমদি লৈহৌরেদনা থনবদা।

পুক্লিংনা খজিক্কুং খনথবদা পাখোং কয়া ফোংবা ঙম্নবা মীওইবগী রাখলগী পোংথোক রবতনা (Robot) থবক তৌব ঙম্নবা যুগনি। মী অচঙবা অমা শেম্বদা প্রকৃতিনা মী চা কয়া হালেঙদনা পুথোকই হায়বসিসু অচুম্বনি।

চহি ১৫/১৬ কী মথোন কারক্লিবা শাবী-শানৌশিংগী পুক্লিং থম্মোয়দা অকনবা ঈথিল অওনবা শাফু থেংনবা মতমনি। সুংশি সুংওন্দা থোঙদারবা মী অমনা প্রকৃতিগা অসুক্কী মতিক নকশিন্নবে হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। অহিং তাংলৌ অথেংবদা থোকপা থাজ, ইঙা-ইঙনগী নোংজুনা চামথোক্লবা তারমদাই কোরোংগী ঙা-ঙ্রানবা মশেক, নোংঙানলমদাই লিক্লানা চামথোক্লবা শজিক-থবাগী তনিক তনিকপা মতৌ উরগা থম্মোয়না তুমিন্না হৈথোকউ য়াদবা মতমনি।

ঐগী থৱাইগা মান্নরবা থম্মোয় মনি ইনাও রাধেশ্যামনা মতম মাঙহন্দনা সুংশি কবিতা ইরম্বসিমক হরাও তুজুংই।

রাধেশ্যামগী পুন্সিদা অহানবা সুংশিনরম্বা নত্রগা শকখঙথিরম্বা য়াই লাইরিক্কী মমিং "কমলা" হায়না থোল্লম্বসিনা অহুবু অরেপ্পা হায়বা ঙমদে পুক্লিংগী রাকম।

পুন্সিব্ব মওগুম্না নিঙখিবরা, মহাক্কী কবিতা অসিস্থ মওদা নিঙমদনা কমলানা লাইবক্কী সিন্দুর নমদনা অমদি নুংশিরবা মমাগী মায়থোঙ য়েঙনিঙনা য়েঙমদনা অস্থম্না লোইশিল্লি।

লোইবা-নাইবা তাইবং ময়াগী হকচাং থাদোকখ্রবস্থ মুৎপা মাঙবা নাইত্রবা মহাক্কী রাথল আশাদি অস্থম্মক লৈহোৌরে নোংদোন শক্তিক-থংবাগুম।

লাইশ্রম খেলেন সিংহ



* ‘মং মান্নবী ইচে-ইচনশিংগা মরি অমত্তা লৈনদে।

## তেংথাজবা

পলেম — পম্মোগী

অয়ুক্কীনা কোরৌ

হুংদাংগীনা থাজ ওইবা

রাধেশ্যাম নহাক

কাইনা মৈচাকসে

পুক্তমদেনে ভাইবংদ ।

নঙগী হুংশি খোইথুমলবা

মোমোন্না মোমোন মিনোক

লেঙদনা লৈরি ওসিস্থ থম্মোয়দা ।

থাঙম মৈচাক লাংহনবা

থম্মোয় াক খাঙহনবা

মীনঙ দমবা

মীহুং দবা

করম্বা নোংদমখোলনো ।

মিৎ শিনথবনা

থং কোকঙমদবা

নহাক না মৈচাকসে

মুৎঙম কৈদৌনুঙ ।

নয়াম্বা

লাইশ্রম খেলেন সিংহ

# ৱাহৈ—অমা—অনিদং

ঐগী ইচে সলাম ঙংবী বিমোলা দেবীনা পৈশাগী মাতং পাংবিবা অমদি পুথোকপিবা, মপোকসিমগী 'শিং' ঙমদ্রবা লমন তোনশিনজবনি নৌপরানা ।

লাইরিক অসিনা মৈতৈ সাহিত্য লৈংকোন্দা
মংসিমক্লা মতিক চাববনি খঙদে কৈদৌনুঙ,
হাপচনিঙবতনি লৈচন অমা ওইনতা ।

লাইশ্রম খেলেন সিংহ



রাধেশ্যাম অঙাং ওইনা মরুখিংনা হৌরকই, মিংশিং নাশিংই, মচিন-মনাও মঙাগী অতোনবনি, মশক ফজৈ, চুঙ-ফিরাল চাই, কুচুনা থাবল কুচুনি, মহাক্কী কোই-রাওনবা মিংস্না য়েংবদা নুংশি, তরু-তরুই, তনিক-তনিকই, নোংদোন থব্রাম্মি-চাককুম।

লাইশ্রম ৺রাধেশ্যাম সিংহ

রাধেগী পোকুফম্না থাঙ্গা খুনজেম লৈকাইদনি। অপোকপা পনথৌগী কোলোয়না লাইশ্রম শকথি সিংহ, অপোকপীগীনা থামচা দেবী কোলোইনৈ।

রাধেশ্যাম আশা চাওবা, নীঙবা থুংখিদ্রবা মপোকনি। নিপা থোকপা থৌনা লৈ, খঙগন-উগল্লি খঙ-হৈগল্লি।

নোংমদি শোয়দনা মঙাল নাইবা মীশক অমা ওইরগনি নিঙখি থম্মোয়দা, অদুবু নোদম্বনা তায়োন্ননা তম্বীরমান্নে।

লৈকা ফন্না ফুগাইনা শাংলিবা লৈরাংনা, লৈরাংগী নুংশিবা লৈনম্না তাইবং থম্মোয় হুরম্লগা চোইজাইননা কেনখিবগুম, মহাক্কী তঙৌবা মায়থোঙনা খোইরুম মোমোন মিনোক তমলম্লগা ইখঙ-খঙহৌদনা ইং ১৯৮৯ গী রাকচিংগী নোংমা পানবা নেংমাইজিং নুমিংতা তাইবং মপুগী খুয়া তানখি।

ময়াম্বা,

লাইশ্রম সনাতোম্বা খুমন

# কঙ্চবা

“নহাক্কী আম্মানা
তাইবং— মপুগী
খ্বয়া—খাদা
ঈংনা—চিক্লা
পোম্খাবা ওইসন্নু।”
“খুৎশিন্নরবনি নঙোন্দা
নহাক্কী কন্না”

# কমলা

মশক উদব' নুংশিবা
থম্মোয়গী অশেংবা লন্
ওইরমলে কাওবা ঙমদবা,
কমলা নঙগী নুংশি মমিসে
কুইর-কুইরগা অসুম
হেনগৎলকপা ওমচাক্লা থম্মোয়নুঙদা ।
শকহেনবা নওগী নুংশি মমিসে
মুথৎপা ঙমদ্রেনে থম্মোয়দগী,
যুগ কয়াদগী শকথ ঙনরকপগুম
য়েঙনখিব লোল- থোক্তবা মিৎস্মানা,
তপ্না-তপ্না মৈ হৌরকপগুম্মী,
নুজাগী নুংশি মিৎয়েং উরগা,
থাবল কু ঙনজবা মায়থোঙ
মোমোন মিনোক্লা
খোইমু শাগৈ শুমহৎপী
ঙাহু-থাঙ্গোং মিৎয়েংগুম্বী,
নুংঙাইবন্ রাহনবী
অবাববু নুংশাইহনবী
পানথোইবাগী শায়োল্লনে নওবু ।
কমলা ! করম্বা নওগী পাওখোংনো
মোমোন্নবা মায়থোঙহুনা

থাজনা লৈচিন মরুমদা লোৎপগুম
লোন্না-হুনা য়েঙলিবা
পাখঙ থম্মোয় পানদে খনবন্না।
নোংমদি শোয়রোই
নঙবু মুংশিজবা নিঙজবমক্তনা
ওমচাক্লরবা থম্মোয়না
মৈগী চীং পোথাইরকপগুম
মুজাগী খুজেং পায়—চিংবা।
কুফেৎ-কাফেৎ তন্দনগুম
তনিল্লবা থম্মোয়না
নোংমত্তং উহৌদবদা
অর্থ-থোক্ত্রবা পাখঙ পুন্সিনি।
ভক্তা ওইবা হনুমানগী
চিকলবা থম্মোয় লকাম্লুঙদা
সিতা-রামগী মুংশি মুর্ত্তি
খুংজেং পালোইনা লেপ্লগুম
নঙগী মুংশি মিরেন তারেনে
পাখঙ থম্মোয় লাইয়ুমদা।
অহাংবা লৌবুক লমহাং
অগুকপা চীংমুঙ-মানমুং

চীওয়া ভময়াগী কজবা
মীচিক মীরাওখোন তাদ্রবা
থাবল ফবা অহিংগী অশুকপা
নংনা করিগী লাক্তুনা
ইমাংদা লেপ্পলরি।

মুনি-ঋষিশিংনা
ভুলিদা মশক-মতৌ চংখোনবী
যোগগী শক্তিনা হাপতুনা পুবগুম্বী
অচিকপা লৈরাংগী লৈকোন মরক্তা
সুংশি লৈহি খৌবোম থম্না থক্তুনা
সুংশিগী অপেনবা ওইজবগুম্বে
মুমি-ঋশিসিংনা যোগগী শক্তিনা।
ঐদি যোগগী শক্তিমু লৈজদে,
সুংশিবনা ঙাওরবা
থম্মোয়গী অপেনবা ফংদ্রবা,
অদুবু ঐগী থম্মোয় লকাসুংদদি
ফোতোদগী ছেম্না ময়োক শেংনা
নওগী সুংশি মমি তাররি।
রাহং কম্না হংজৈ
নিংঙমদনা হুংঙাইতনা

নোংলৈ-নুংশিংগী শাফুগুম
অদুবু পাওশুমদি,
নঙগী শাথেক্লা মায়থোঙনা
ইমাওদা লেপলববা
শেনখি মিংকুপ পুংজাদুদা ।

ৱাহং কয়া নোংলৈ-নুংশিং কয়া
হুমখি—থাপ্পা—তাম্না
নুংশুক নুঙজা লাংতক্না
টনিংনা খোৱাংনা ঙাইজরকপা
অদুবু নঙনা ইমাওদা লেপলরবা
ইকাইনা লোমোন্না
ঙইররে মতুনা অপেনবা পুন্সিগী ।

থম্মোয়গী অপেংবা নুংশিবা
কাইনবনা থগ ওনবগুম
অদুবু কনানবু মরিক চুম্না
ফোংদোকপা ঙম্নগে
সাহিত্যগী লকোন্দা ।

মরিক থনদং ফোংদোকপা ঙমদুন
অপেনবা ওইনরি থম্মোয়না ।
শকহেনবী কনাগী

মরৌ লৈবা মিৎয়েংদা
কনাগী থম্মোয়না মুংঙোনলোইদ্রগে ।
তারমদাই থাজগী মিৎয়েংদা
কনাগী পুকনিঙদা মৈচাক কাওরোইদ্রগে.
অয়ুক্কা শাৎচবী
লৈহিন থল্লবী,
য়াহো ডনবা খোংমুনা
লৈবাংগী লেকাদা তোংহুনা
লৈছি চুম্পা উরগা
কনাগী চন্দ্রিদা
ঈথক বাদবা য়াওবগে !
য়াহৌ থেঙবা কাংবুনা
লৈহি কংখ্রবী
লৈরাংলা এক্কিংদা ঙাওনরি ।

অহুম্ন এগী কমলাদি
অয়ুক্কা শাৎপী লৈরাংস্নু নত্তে,
ঐগী থম্মোয়দগী থাপ্না
চৎখিদে কমলানা ।

অঙাং ওই রঙৈ মতম
য়েংনরগা পেম্নবা,

পিনখিবা খুদোল কয়া
খুদোল পিনবনা পেন্নবা মতম ।
ইঙা-থাগী পুর্নিমাংগম
অমুক ঙানথোক
অমুক মঙশিন,
অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী নুংশিবা
ইঙা থাগী পুর্নিমাংগনি ।
তৎতনা হায়খি কমলানা
'কনাগী নত্তে ঐসে নঙতগীনি"
রাহৈহু তনৌবী চিনবানদগী
থোকলকপদা কয়াদা পেনজখিবা ।
পৃথিবীদা ঐমুক নুংঙাইবা,
লৈবিগত্রা থনলুই ।
মজাই ইবেম্মা থোইবীনা
লাইরবা খুমনগী শঙ্গায়দা
ইপন-পনদ
মোংবা-মরানয়াইদা চঙলকুনা
খুমনগী মাঙদা লেপলরবদবু
কনানবু শিনিঙলুদগে জাইবংদগী ।
সংসারদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা

পুংফম মতমসিনি ।
কমলাগা শকথঙনদ্রিবৈ নোংমনি,
ক্লাস এটগী কমপিতিসন পরিক্ষাদা
মাগা থেংনখিবহু ।
ডুক য়াম্বা ছাত্র ছাত্রিশিংহু
অমতা উরুদ্রগা
মাহাক্ উরুই করিগীনো !
খোই-খোইবা মিংচিগী
মিথয়েংহুনি তংতনা মিংচান্নখিবা
পরিক্ষাগী য়্রা নিংশিংলুদনা
স্বর্গগী নন্দন-কনন্দা চঙহুনা
মঙ-মঙলুই ।
তয়াং - তয়াংবা
লশিং মফোনগুম
অহাংবা মালংদা
কোইপাই পাইরুই
মাগী মঙলানদো
মঙলান কয়া শাগৎলুই ।
অা য়োনা খনলুই.
শুভাম্রে হয়ন হায়বা তাকহা

স্নাভদ্র মশামক্না
সারথি—ওইরগা
পার্থ অর্জুনা
নিংথৌ মচা কয়াগা
লাল থেংনখিবদু
পুক্নিংগী পাঙ্গল,
খাঙবা কনবগী শক্তি
ন্নারমগন্না —চোকথরমগদ্র,
করি ওইনা উবনগনি
য়েক্নবনু পার্থগী মমিৎতা।
মশক ফজবী
সুংশি—থোইরবী
মনাবু মমায় চুমবীরবদনু
থেংনগে লানফম কয়া
খল্লমগনি শোইদনা।
কমলাগী সুংশি ইমিপুনা মিনোক্লা,
কাওক্লই ইশানা ইশাবু,
পরিক্ষাগী মতম ঙাইহাক্লংহন্দা
মাগী ন্নাথলমক্লনা
ঈরৈগুম উক্ল-উক্ল লৈশিনক্লনা

ঈরেত্থদা তাওত্রনা
মায়কৈ খণ্ডদা পুখিত্রনা
করম্বা ঈপাক্তা
ভাকংদবা ঐনা ।
খম্মোয়হুডদা ওমত্রনা লৈবিবা
মুংশিগী অশেংবা শক্তমসে
হায়দোকফমম্ম খণ্ডদা,
অঙাওবা মীন চোইরোন-পারোন
মবী লৈনদন লোনবগুন
ভারগদ্রনে নঙ ঐগী মুংশিবা ।
'কমলা' মি সিদা হায়বদা
অম্মুক পেনজবা খম্মোয়দা
মাপুম খুদীং হৌনশারনে ;
মুংশিগা বি লৈনবা
পোৎ-খুদিংমক
মুংশি হাযবমু থাজরে ।
মিৎনা উবা ওম্বা অমনবা
মুংশি মাগী মায়কৈ
য়েংজরগা পেনজবা খম্মোয়না ।
নিংঙাই চাওবা অঙাংনা
অকিবা শক্তম উরগা

কিসু—কি
থওস্থ য়েঙনিঙ,
মথৃং— মচাহুনা
মাময় থুমজিল্লা
কাল্লা-হুনা য়েঙনিংবা :
অ'ং শ্বা হুংশি মানা
ইগাঙদা লেপলরবা
য়েঙনিঙ-য়েঙনিঙ য়েংঙমল'
হায়নিঙ হায়নিঙ হায়ঙমল'
ন শিবগী অয়ৌবীনি
থরাবগী মশক্কি ।
হুমহুনা থম্বা
হুংশিগী মৈচাকসে
ওমচাক্কা মাঙখ্রসল্লুনে
অমুক য়েল্লিং চোংদনবা ।
হুংশিবা নঙসে
কয়াদা ওকলবা ।
য়েংনরগভ পেম্নবা
অব্রাই—অথুব
তৌনরগতা হুংঙা ইজব।
হুংশি নঙগী লিচৎলনে ।

শক কঙ্গবা ময়ামগী
মুংশিবনা ইথনদগী
থোক্লরে ঐঙোন্দা।
কমলাগী লেমজবা মতৌ
মোমোনদং নোকচবী মারথোং
ঐগী থম্মোয়বু
পুমঙাও ঙাওহল্লিবা
পুমগুম—গুমলিবদি
ফোংবা ঙম্লরোইদবা
রাহুং কয়ানা থল্লবা
লাম্থোক্লবা মিম্নাহুনি মাগী।
থন্না-থক্কী লাইজগুম
তনিক-তনিমপা থম্মোক
মশক উঙমদবা
মুংশি—ইচেনসিনা
থম্মোয়বু কয়া রাহল্লবা।
খুমুং ঈশৈদা
লাইরবা খুমননা
লাইরা মপোক্কা পোকলুবনা
নিংথিজবী থাদোইবু
মুংদি মুংশি খুমননা,

কোংদোকপদি ডমজদা
থম্মোয়দদি য়েকথ্রবা
থাদোই মাগী মুর্ত্তি,
মিৎ পেন্না য়েংজনিঙবা
য়েংঙনিঙ-য়েংঙনিঙ য়েংঙমখিত্রবা ;
কাং—শান্নবা নুমিৎতা
মচেমগী খাংথুৎকী লুচিংবা
মাবু উনিংবনা লাংতক্লয়বা
ফিজোন জুগোৎ চাদবী
মীয়ামগী নোক্ল মীথোন
তাবা উবা লৈতনা
কাংথুংকী লুচিংবী থাদোইগী
শক-চু—থোইহেনবী
মাগী মৎন
ভাবোক মমাঙ পাক্লই ।
লোন্না থারকপা থাদোইগী
মরৌ লৈবা মিস্না
লাইরবগী মচেৎ তারবা
থম্মোয়বু মপুম তাহনখিবনি ।
লাইরবগী লাঙ্গোই লাবা
মিৎতনা থাবদা

তনিক—তনিক্না

হায়না হুম্না খাওজখিবনি
নিঙোল লাকপগী কাংগজন।
উচি নোংঙম তাখিবনি
খাদোইবা লাইজ হুমাংনা।
লৌশিং চাওবা থাদোইনা
মালং ইচিক থেম্বনি
হায়জিন্ন মাল থোকুনা খাওজখি
মুংশি নওগা মায়াসে
অওকপনিকো তম্বা ওমদবা।
মুংশি মাবু কাওরগে
খললুবা মি কুপ্ত
থোইনা হেন্নতুন
মিৎকুপ নিংশিংহল্লি।
মাগী ব্রাথন খনবনা
কয়া পেনজবা থম্মোয়না।
লোম্না-হুনা য়েংবা মিৎয়েংতু
মিৎগান্নরগ কয়া মুংঙাইজবা।
মাব্রু মুংশি মশক খওদবী
কিহোম মমিৎকুম মিৎয়াম্বী
অরেপ্পা মচু লৈতবী

পোম্বীগুম কাইদোং হোংবী
পামজবা লমলানবা কয়ামা
পাওথোকনৈ মাবু ফংজ্রগা।
কমলাগী অশেংবা থম্মোয়
পিরমলে শুমহৎয়াইগা লোইননা
কাওদনবা ঐভোন্দা।
নুংশিনবা ভাক-থুংনবা নত্তে,
অয়োনবা নুংশিবা
নীওইবগী মতৌ লৈরি
থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিব।
ঐগী তম্বা থম্মোয়সে
যোগনি নোঙথাঙগুম
অমুক ভানথোকই
মাগী মোমোন মিনেৎক।
কুমিৎ-শিংবুম কয়ানি শুংসনরকলব
লচিনগী মপৈ কয়া
থাপ্পা তাম্না হুমখি।
কমলানা শাওরংননা
চৌনবান কাংদনা
মোমোন নোকুনা
অয়েংবা অমদ অতম্না য়েংখ্রবা

ঐঙোন্দদি লুম্নবা পোৎলুম অমনা
ননবদগীমু হেম্না মাই।
অমবস্যাগী অহিংগুম
ইঙ্গ্নগী অমাংবা নোংহৌগুম্নে
মাথল লৌশিং থোক্তনা
ইঙোমদা মিৎলু পিরাং শিনথখিবনি
ওঃ লুংশিবা নঙনা ঐবু
তুক্ক-তুফাই চনহল্লে,
নসিবু হৌনবম্ননে
ঙনখৎলকপা নহা ওইবগী
মিনোকনে-মিৎম্নেংনে
শাজৎনে-মাঙাংনে
ঐগী—থম্মোয় হুখম্নেনে
ঐগী—মাথল মাঙখম্নে।
নোংলৈ-লুংশিং কয়া
কমলম্নে-ওমচাক্লা থম্মোয়মুঙদা .
ওক্লক-ওক্লকপা
খাতুগী অঙনবগী
চম্না-চুশিম্নম্নে
ওসিদি ঐগী থম্মোয়।
লুংশিগী ঈখিজ-ঈরৈনা

মাংলেমথক্কা অওনবা কয়া লাক্‌পরে ।
কয়াম্বা মাঙ তাকহনখ্রে ।
মুংশিবা হায়বা
নঙগী শকতমদি
অচৌ-পিশক খাযদনা
চেথেং-পিররি ।
কাইনা মৈচাক
কনা অমদনা
মুংশিবা-থু নবগী
মাঙখ্রবনি কয়াম্‌
নারক্কী মলিংম
ফেংঙমদনা-ওমচাক্লা,
মুংশি নঙগী
ঈথক-ঈরৈনা ।
তারগা-পেনজবা থংম্মোয়ুন
হোনশারনে তাইবংগী
মুংশি-মুংওনগী ঈশৈ :
অরা-মুংঙাইঙ্গী
শুপচিনবা ঈশৈনা
তাওথোকহল্লি-ইশাবু
ঈপাক্কুদা মুংশিগী ।

*　　*　　*




# কমলা

অঙাং ওইরিঙৈ মতম
স্কুল তমলিঙৈ
কাল অমত্তা কণ্মিন্না
লাইরিক অমত্তদা
পুন্না য়েংমিন্ন
ওঝানা পাবা তাকপা
পুক্নিং-চঙদনা
ইকাই-থিবী
মাগী মতৌত্নদা ।

লোন্না-হুনা চোইজান্নবা
শমলাং মরক্তুদগী
ফাওদোরকপা মৈশা য়াওবা
তনিক-তনিকপা মিংস্নাহ্নি ।
ইশানা-ইশাবু কাওথোকখি ।

মাতবু উরুই
মাগী মতৌত্নমক
ওঝা ছাত্র-ছাত্রীশিংবু উকদে
তনৌবী খুৎশাগী খুজিন্না
খুৎতা চৈনাখোল পীরমবতদা
জ্ঞান তারকই ইকাইরকই

ইকাইখিজবী মাগী মমাংদা।
ছুটি থারকঅকান্দা
মমাম্নবীশিংনা ফাগি তৌরকই,
ওসাই হুপা মচা[illegible]অমা
মঙ-মঙবম্ন
পারা তাকলিঙৈদা
ময়াম ম্না লাওনা নোকখি,
কমলাগী নোংপোক নিংথৌদো,
মমাম্ন ঙাংখি
তুমিন লৈখি।
লেমজবী মাগী মঙৌহুল
রাম্নদি মখা তাখিদে।
ঐগী থম্মোয়মুঙদদি
হুংশিবগী ঈকুৎ
চাম-চাম ফাওখি।
পেননাইদে মাগী রাখনবা
লাংতক্রবা ঐগী থম্মোয়না।
কৌক্রুগী তোমখিন শাৎচবী
নৌগী মীবুক হুঙবী
লৌশিংতনা হুংশি পম্ন্বং য়ৌখিবঁা
পানথোইবীনে পানথোইবী

ঐগী মুংশিবী কমলাসে
মানা ইমাংদা
ফৎ-ফেৎ হায়রুনা
চৎপদো কয়া পেনজবা ।
লিরি-হুম্ব মালং তানথানা
পোমশাংনবী থম্বালনা
থক্লা-নৌনা
ঙগোই শাবসিমঙাই ।
চোইজাইনবী শন্নাং মরক্কুদগী
লোম্ন-হুবা মিৎয়েংদো
থান্থু থঙ্গোং অমোম্না
কাইনখ্রবা মপাং লাক্লবরা
য়েংবা মতৌনি ।

*　　*　　*

মুংশি-মুংলদা
খম্বন চাঙবা কপ্পবা
লিচৎ ওইরমারে মুংশিবগী !
থৌরানি জরন্ম মুমিৎতা
ইম্ফালদগী তাদগী মচাশিং লাকই
ঐগা লেঙগা মাম্নবী
মুনীতা হায়রীদুনা ঐঙোন্দা

খুজংগী লম য়েংজগে
চৎমিন্নরুসি হায়বা অতুদা
ঐখোয়নি চৎমিন্নরুই ।
সুনিতা মশক য়াম্না ফজে
ইণ্ডই তপই মোং-হাদে ।
সুপী ওইবীগী মতৌ
মিৎয়েং-নায়েং
য়াঙাং-শাঙাং
অতুমক লৈজে মাগীসু,
সুপীদা সুপীনি ।
য়েংবা য়াবা খরা য়েংলগা
সুমিদাংবাই ওইরক্লতুনা
হল্লকপাদনি কমলা থেংনবহু ।
"ঐনা কৌই
কমলা ঈশিং শোকসুবরো"
হোয় মায় অমত্তা হায়রকখিদে ।
সুনিতাগী মমাঙদা ইকাই,
"ককা খঙনবরা,"
ঙাইহাক্তং পাওখুম পিদনা
লৈরুরমাল্লে ঐ
খঙহায় হায়খি,

"হোয় খঙনৈ" ।
কমলানা য়েংখিবা মিৎয়েং
পরপ– পরপ
থা খিবা খোঙথাং
লৈতাহন্দে পুক্লিংবু ।
মানা য়েংখিবা মিৎয়েংদো
পিশুম—শুক্না শুকথনা
সুনিতাদা মুগ্না য়েংখিবনি ।
ঐঙোন্দা মিৎচিনা হায়ফেংতুং
খা-থঙবা পৃথিবী
তংথায় অমা
কিন্থরক্লগদবোই নীংলুই ।
তারমদাই কোয়ৌগী মশেক্না
শাওরংনবা মাইথোংদা
ইঙাগী অননংবা নোংখাঙগুমই ।
তুংদা করি থোক্লগবা
ঙসি মাগী শকতমছুদা ।
সুনিতাগা চৎমিন্নে
হায়বা ফাওবা কাওরুরে,
অন্না—নুংশিগী
ঈপাক্তা তাওরুরে ।
* * *

স্কুল কারকপদা
হুণ্ডগে খল্লি,
করিগী খুমদ্রিবনো কৌবদা,
-হা-ভৈদি কৌদ্রিভৈনা
হান্না—খুমলকপা নগুনা
করিগী খুমলমদ্রিবনো,
ল্লাহংসিনা ঐবু .. ,
চাবা থকপা
তুগা - হিপ্পা
ইয়া য়াদ্রিসিবু
রাখলগী লায়না হান্নবছুরনে ?
স্কুলসু নিনি-হুমনি.
শুরে—কারকত্রিবা
করিবু তৌরবা জাৎমো :

* * *

নুমিদাংরাই হকচিক লাংবা ওইনা
মথোয়রোমদা চৎথোকলুই
মহুদা মাগা তিন্নবী
ইন্দ্রানী হায়বীহুগা পেংনৈ ।
"ককা মচা নঙ

কমলাগা করি করি হায়নরুম্রে"
করিমতা হায়দে ঐদি
মানবু করি হায়বগে,
"স্কুল কাররোই
য়েংনীওদব মী য়াম্না
লৈ হায়এ "
অদো নও পাও অমত্তা
হোরেন মুংদাং অমুক্তা
উম্নসি হায়গেরা ?
মানসু র অমা
শেংদোক্নবা পাম্মী হায়বনি
* * *
তরেংনি পানবা থাজনী
নওালদা লাপত্ত্বা উবকই,
লকোলগী লৈরাং মরক্তা
লাংতক্না-খোরাংনা
হায়নিঙ রানা ফিয়োম্নশা.
লোলথোক্নবী শক্তম লো !
করিবু হায়রগা
লোলথোক্নবী মাবু
রা ভাংহনসিগে,

খনজাম্নে পুক্নিংদা
চঙশিন্নি মনাকতা,
উরকই তঙৌবী মায়্নথাঙহ্নদা
অরাংবা লোইবী চীংজাওদগী
ঈচেল কম্না
শাফু কম্না
চেনথরকপা লাইজ ইফুৎকুম
ম্নিংস্না তরং লাইজ শিনথরি।
কৈদৌরগে নঙবু
ইমুং-মন্নুংগা শাওনবরা,
লাইরিক তম্বা তোকতৌরিবা কৈদৌবগী
ঙসিদি পুন্সিসে খাঙঙমদবা
চেনা অমা ফংলরে।
পীরাং শিস্থবতনা
থম্মোয়গী অপেনবা ওইররে।
"করিনো নঙনা হায়ন্নিবহুবু"
"নঙদি খঙলোই
করিমতা হিংচাবনিনা"
ঐনা হিংচাবা ওইরদি
নঙনা হিংচাবী।
কাগি-তৌরকন্নু

য়াম্না শাওনিঙাদাপোৎনি।
ওসি তরেৎনি পানবা থাজঙ্গী
মপুং ফাদবা মঙানগুম
জ্ঞান তাদে
হায়ফম খঙদে কমলা।
"নঙদি লাইরিক্তদনি করিব
করিমতা খঙলোই
মীনা রাবা নঙদি,
হায়বিদৌবা হায়বিরো
পঙলব। মুজাবু পঙথহনবিরে
নঙগী যাও রাহৈনা
থাওজহৌগে মৈচাক্তো ঐতনা
মুংশিবগী হৌনশানি থম্না।"
অথোই অহেনদা পাম্বা
নিপা-ওইবশিংগী হৌনশানি
হায়বম্নু খ২ই
তুং কোইনা মুংশিগদবা
কনা লৈলে ঐগী।
ওসিদি পুক্লিং য়াম্না তুংশি
মিৎলুগী পী াং
শিম্নবগী লোইনাইরোই

পীরাংগা লোইমন্নগদবা পুব্জিনি।
"কমলা নঙ
কেনোমা তোরে,
নঙ-নংতনা
কনা লৈতে ঐগী
তুংশিজরুবা ঐতনা
অসানবা ওইহনলে নঙনা"।
"নঙনা ইরান পীশিন্দুনা
যাল-তোগদোবগী
ঐস্‌ মাই মসি
মীওইবগী মতৌনি।"
"ঐজোন্দা ইরাল পিশিনবিরকনু,
নংগান তামোগা চংমিংবহুন্"
ও : অহুরা"
ইস্কাল তাদগী মচাশিংনি।
অমংবা নোংনা কুপশিনজবা
থাজগী মঙালগুম
মায়থোঙ মকা লায়া
"অশেংবরনে!"
অশেংবনি খমল চাওবী
অহুগী নথজ্জয় হিংচাব,

ঐ থাজরুদবা নভৌহনা,
তুমিন লৈবন।
চকু ভমী হায়নবা।
নওসে অসুম সুংশিরকইকো ?
ভয়েংগী স্কুল কারকউ
য়াম্না সুংভাইতে
নও— উদবদা।
ইন্দ্রানী হোয়
বসন্তী হোয়
মখোয়না নোক্লবদো
ঐভোন্দা করেম কথাইনব মাল্লি
স্কুলগী লময়েংবা চৎকনি হায়বনি,
মখোয় ময়াম নওদি
"চৎলদি ঐসু"
কমলা নওসে
অসুকী মতিক সুংশি
কাইনবা অরবা করিংঙ্বা
থাওওমদবা চৈথা
অসুকী মতিক নংগনি।
নোংমা—'নিদং উদবদা
অসুক লৈজাকম থওরুরা.

নওগী নাক্তা চংখরে,
ঐগী থব্লায় মঙা ।
"ননাক্তা লাকখোং তৌদবরা"
ইবুংঙো তুংশিবা মওদা
নওগী শকম উঁরিবা
কমলা অওইবরা !
"অওইবনে"
নশক্তো অমুক্তা য়েংগনে
"ইবুংঙো তুংশিবা
চওজরগে কিজরে"
নতৌদো - উরগা
লময়েংবা চংপদা হয়েংমুক

* * *

অস্নুম্না ঈ ক ঈরে কম্না
তুংশিগী পামদা ভাওথিং
নিংজবতন থম্মোয়স্নুভদা
শোনজ চিনবান্দা ।
তুংশি লা রেম্বীনা
মঙোন্দা ংলবরনে
সন্ধ্যা য়াচংগী মতমদা
কমলানা লকৌনশী মৈরাং

ঈশিং চাইরমবদো
লুকথরপ – চেপথরপ
কয়া ফজবা
কয়া মুংশিবা
"হরি নোংনাওনা শৈশক্লি,
নিংথিজবা চেংলৌবু উরগা"
পানথৎলকপা থাজগী মতৌঙ্গম
হায়কেঙং উরকপা মতৌদো
নিন্দা তৌনিংঙাইনি।
ভাবনা-কল্পনা
থম্মোয়মুংদা হেন্না
ময়েক শেংহন্দলি।
মশিরনে মুংশিবগী
মীওনবা হায়ববু।
থম্মন চাওবা
লাংতক্লবা – চিংনবা
হায়বা সিংক্লবু
মুংশিবগী হৌনশা
হেন্না নিংনবা
মুংশিবগী মওং নম্রনে।
শুমংথ্যাই ওইবা শরুম্

চিংশিনবা ওম্বা
মোমোন মীনোক
অর্থনা থল্লবা
মাগী মিৎয়েং
করিগুম্বা য়াওরম্দ্রবা
নুংশি-মমি তাবমগদ্রনে
ঐগী থম্মোয়মুংদা।"
কোকিন-নত্রগা তম্নাগী
খোইথুম্নরবা খোনজেল
তাবমক্তা হেক্তা
বস পোকহনবা
শক-উদনা
লোম্না-হুনা
খোংলমদ্রবা করিগুম্বা
লাংতক্নবা পোক্লমগদ্রনে
তানিংবা উনিংবগী!
কমলাগী পাওখোংনা থল্লবা
খোৎ-নৌরবী মাগী
কোইরাওনবী মিম্বাহুনি
তোয়না মৈচাক হাপলিবা।
লমদম তাম্না

কল্লা অমা চৎলুরে
অদুবু মাগী মৈচাক্তি
পোইনা হেন্না
মৈচাক পুঙমদে।
থু নবা অমসুং থুংনদবা
অনিগী খেন্নবা লৈরিগন্না
সুংশিগী মফমদবু।
খরনা হায়গনি,
থুংনবনা সুংশিবগী পন্থুংনি।
অমুক হায়গনি খরনা
কাইনবনা সুংশিগী পন্থুনি।
এন_ পামজবদি
থুনদবা সুংশিন্নবত্তুনি,
মত্তুদগী খোকলকপা
নিঙনবা বাংনব
উন্ননিংবগী লাংজকবা
সুংশিবগী কাইনা চৈথেংচুমকনিং
ঐনা পুনিংনিবা"।
ঐ অঙাংবা অমদি মতে,
খুদিংমক ময়ামদা
থেংনরিবা ওাকনি

অশেংবা শকতমছুমক
পননিংবগী ব্রানি ।
নীওবা থুংবা কন লৈবগে ?
পুন্সিগী অহানবা ঈনথংনবগী
জোবনগী পুন্সিদা ।
• • ...
ফুলগী লময়েংবা চংপা
ওসিমু লিংশিংলি
কাওবা ওমদনা.
খুদোন পোং কয়া অঙাংবা
ইকাগববু লৌখিদে,
ময়াম মমাওদা ।
তৌববুদি অচম্বা খুদোল ওাকপি,
মমান্নবী ময়াম মমাওদা
মানা ইকাইনা মোমোয়া
"সে কৈনোমা হায়রগা
মাগী থাওনগী
কমান অমনে
ফুরিৎ অমনে
থংশিন্নবা মতমছুদমি
লৌনম চারোন ঙাওবা .

মিংস্না অনিতুগা মিংচাম্নখিবা।
মাবু অপুর্ক মতিক মুংশিন্খি
হায়কম খণ্ডনা মিংকুপতুনা।
মমাম্নবা ময়াম
ন্না লাওনা নোকখি।
মানা ইকাইবা
খাণ্ডবা ওইনা হায়খি।
'হিংচাবীশা নাখোয়নু তৌবিনহুদি "
শিংদানাম—কাইনা
য়েংগুরবা তুংদা
শিত্রি য়েংঙি।
ময়াম-কোতো নম্বা য়াও
মানা মানা থোকপা
পণ্ডচংতা চংনখি।
ইন্দ্রানীগা-বসন্তিগা
নৈ য়াম্না শাংপা
অম্বাং থংবা অশোমদা নৈং
চাওবগা ঐথোম্ননি চওদ্রিন.
ইন্দ্রানী চাওবা
মুংশি লাং
থাক্লম্নিবা ঙাকনি।

মনা-পুংবা
অভরগুলাপ খরনা খনলগা
জুরা-জুরা ফমমিন্নরে ।
কমলা স্মিত্রিসি উরগা
পুক্লিংদা করি ফাওবগে,
'পুক্লিং-হুংশিবা হুংঙোনবা,
লাংতক্নবা হায়ফম খঙদেদা
নঙগী পুক্লিংগা চান্নবা
খুদোন অমা তমগে
Luck Stone উৎলগা,
"মানা হায়,
তনলি কৈস্নু
খুদোপ্পা খুদোন তৌনবসে
লী থুংনগনদে হায় ।"
এনা হায়
থুংনবা-থুংনদবা খঙদে,
'খোইনিগী নিঙনবা কাওনদব
হুংশি মরী তথনদবস্লনি ।
এগী বাহৈহু ব্রাহৌখিমাননে ।
"নিপা ওংবশিংগী খস্নোবদি.
শঙাংঙী মতোনি,

শ্রেমী মীগী নাইদে,
ফজবা-অউবা পোৎতুমক পাম্মী।
কাইনবগী অৱা চৈথেংমু থওদে,
অতুওম্বা থম্মোয়নি।
নুপী ওইবীশিংগী থম্মোয়বু
করেম-কথাইনৈ।
ফাংদোকপা ওবজদবা
খশেংবা থম্মোয়নী নুংশিবা
তায়ফম তৌফম থওজনা
মিৎলু পীরাং শিঙ্গা
পাওজবা নিওলশিংগী মপোক্কি
মহু থওনা নুংশিবিরকব
নিপা ওইবশিংনা
মালেমদা নুপী ওইবশিংগী
থাক অমুক মতিক ৱাংলমগনি
নুপী ওইবীশিংগী থম্মোয়বু
মওং-মরিন নাইদবা
পোৎশক অমওম নীংই।
ইতিহাসনা সাক্ষিনি,
নিপাদনা অহিংবা মওং লৈবা
খিব ওইনা খিংনৈ।

মতম অমদা নারকী লৈরাংগুম্
কনা-খুভদা উদা লৈরমলবস্ল
হৌজিক মতমদদি
হকচাংগী শকথং-শাদা
খেমবদনি হায়না লৌনরে ।
ডাক্তর-ইনজিনিয়ার
অফাওবী-লুচিংবী
অতিয়াবু জয় তোবা ওয়া
কয়া অয়া লৈবে
গুসিগী মাথেম্দা ।
এগী য়াহৌশংডুনা
য়াম্না য়ারৌনরবরা :
"য়ারৌ—পুকনৌ
থাংগনবী মানবরা ঐবু ।"
অদু ওইববদি হায়দুনা
খুৎ পাই চিংশিনদুনা
খুৎনিংথৌদা খুদোপ শিজিনবিয়ে ।
ফুংশি পন্থুং য়ৌররোই খনকনব,
শাওনিংবগীরা, য়ারৌরিবরা
ফুংশি নিঙাইরা খঙদে
মিৎয়া তরুং লাইজ শিনথখিবনি
... .. . .... ..... ..... .... ....

টরুই লাপতক্লা
অতরংলাপ মচু কয়াগী মরক্তা
লোনথোকবী শকুন লৌ
ইকাই-মুংশি য়াম
শকতমতু ইনাক্তা থমজনিংলুই
সাহিত্যশিংগী মুৎদাইপ্ৰবা
ময়েকশিং পারিবা,
ইন্দ্ৰানীনা হায়খি,
"ইবেম্মা ঙাওখিনিকো"
মাগী-মায়খোও
ছায়ফেং শাওবা
ইকাইখিবগুম তৌখি।
শাওগনবী মায়থোওহুগা
মিৎচানবদা হেন্না ইকাইখিবনি।
মুংশিনি এতৌহূবা হেন্না-হেন্না।
.... .. .. .... ... ....
হনলকপদনি লময়েংবা
মাগী কোনথোং য়োরহুনা
কুমারমদাই অকুং লৈহনা
য়েংলম্না শিংয়েংদো
মোমোন-নোক্লা

লৈতানা কমচুনা লৈবা ওমদে,
হায়কম-তৌকম থওদনা।

*          *          *

ইথিং সুংঙাইরবা মতংদো
লেহৌই নিংশিংবগী মমিতমক,
সুংশিবা মতৌনা
শুমহৎলে থম্মোয়
মাগী য়াথন্না
কাহৎলে পুক্নিং।
ভনৌনা সুংশিবা
ফজবা মায়থোঙনা।
কাওহনলে অরা-অনা
হত্রে থরায় মঙা।
খোঙৎাং থুদিং নিংশিংহনলে
মাগী মোমোন মীনোক্পা।
খনজায়বা, নিঙজিং মাঙজিংনবা
অস্তুক কাওগনবা
সুংশিবী মাদু অসুম্না
সুংশি মৈশা লাংলময়োইত্রনে
শায়জনিংই ঐদি
মসি ইনথখলকপা

# কমলা

শাবী-শানৌশিংগী
মতৌনি হায়না।

*　　*　　*

কমলানা মেত্রিক পাস তৌরগা
লাইরিক মথা তমথবা
কলিকতাদা থাগনি
হায়বগী পাও তাবদা।
ঐ ওাওচং ফৈজংনবগুম তৌখি।
ঐগী রাখল লৈখায় তাওমখিদে।
খুরজি পায়বা
ডলংগাগী মতৌগুম
অমুক নেমথা
অমুক রাংখং
অহাংবা মালংদা পাইরি
পুক্লিং লাকশিনবা ওমদনা।
রাখনসে চক্রক মক্রকই।
অকনবা শাফুগী ঈচেল ঊরগা
কোক ওাংবগুম
পুক্লিং-হকচাং অনিমক
নাগী রাখন্দা
ভুক ওুক লৈশিনজি।

রাখনগী লায়না নারবা মীওম
তাইফেং তাই,
ঐগী শক চু।
মশক উরবোই হায়বগীরা
মুংশিবা থুংনরোই থনবগীরা
অসুক লাংতক্করিবসিবু।
পুক্লিংগা হকচাংগা
মরি লৈনদবগুম তৌই।
কলিকতাদা থাগনি থারোই
অশেংবা খওদবা পাওহ্না
অসুক লৈতাফম খওদবা।
মহাম লুহোংখিগদৌরে
হায়বগী পাওতাক ওইরদি
করি থোক্লগবা দশাহ্রু।
মাবু মুংশিজবমক্তনা
পুক্লিংবু লৈতাফম খওহনজরনি
অতুবু পুক্লিং নেমথনবগী
ঈথৈ অমদি
H. S. L. C. থাগদকা
য়াংলি হায়বসিদগীনি।
তৌবা-ওম্বা লোবারা

পামজবা মশুং-লাংগীদমক্তা
পস্থৌ ঈনাকথুনবগা লৌতুনরগা
হৈজিংপোৎ পুথ্রবদা !
লাইরবা থুমনদি
থাদোই—মশুংলাংগী য়াখন্দা
পস্থৌনা শারম্বা য়ুমজাও
নোংয়ুই—য়ুদে
চারি থকই থওদমা
লেনজবা লমজনা
হৈজিংপোং পুথ্রে তাবদা
ওইরমগদবা লমজাগী শকফমদে।
অমাংবা নোংপাক ওইরমনি ।
মিৎলুগী পিরাংনা
লেন মতুম [illegible] তারমনি ।
ফংগনি থন্না লৈরম্বা
পোৎশকুনা ঐগী ওইথ্রবদা
অন্নাবহ্ মীপুম থুদিংনা
হেন্না শওনরিবা ঙাকনি ।
ওইবা য়াই
কমলানা ঐগী লাইনিংনি
পুজিনি, থন্নাইনি,

পুন্নমক্‌ ঐগীনি মনা।
অয়ুক্কী কোরৌগ্‌ম
অহিংগী অচিকপা থাবলগ্‌ম
ঙল্লিবান মানা
ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা।
থম্না খাদা পোমজবী।
পোমশংনবী থারিক-থাগ্‌ম
কনা— খঙদা উদমা
মক্রুবা থম্মোয় কাচিন্দা
লাংচরিবস্‌ মহাকনি।
কুমহৎপা ওম্বা
সুপী ঙইবাগী
মোমোন মিনোক
তথকপী মিংস্না
শকহেনবা কনাগী
জয়—তোবা ওমত্রখা থম্মোক
লেপলগে খলপী
খাঙহৈবা লোইবী চীংগ্‌ম
মীওইবা সমাজগী রাংমদা
অত্তবু মতমগী ঈচেলনা
শাকুনা, ঈথিল্লা, ঈরৈনা

খঙহৈবা লোইবী চীংগুম্বা
নীঙথায়রকখি তপ্না তপ্না
থম্মোয় পনয়াইমক্তা।
পুক্লিংবু ফাজিনবা ওমদনা,
লাইজম্মুংগী থারিক-থাগী
পুক্লিং—মুংঙোনবা লৈনম্বা
খোইমুগী খোঙকাপ তুংহম্নবগুম.
লাজঙ্গুম্বা ঈঙ—তপচবী
মহাক্কী তনৌবী মায়থোঙম্মুংদা
নরোন হোক্তবা মিৎম্নাহুনা
তাওহনলিনে ঐগী থম্মোয়বু।
থরানমিচাকগুম্বা কুফেৎ কাফেৎ
তরু-তরুবী মিৎম্না
থুগাইহবি ঐগী থম্মোয়বু।
মহাক্কী মোমোন মিনোক্না
চিংশিল্লি মনাক তম্না
ফনা কনবা থম্মোয়মু ওইসনু
শমহেনবী কনাগী
কামগী লিরুংনা থাবদা
থম্মোয় কাইরোইদবা লৈত্তেদ্‌রে।
Great Wall গুম্বা

কোইশিন্দুনা থমজবা
ঐগী পুক্লিং লৈকোনসে
থুগাইবিথি মচেং তানা
কমলাগী মুংশি মতৌহনা ।
বিশ্বমিত্রনা ধ্যনদা লুপলিঙৈ
জগোই শাবী মেনকানা
সুর—রসকী
ঈথক্তা লেংতুনা
অথুপ্পা দৃশ্য উৎতুনা
থেক্কা—থেক নোগ—নৌ
হায়না—হুম্ম' জগোই শাহন
অকনবা তপস্যা থুগাইহনা
মুংশি কুন্জো পাবেং হুকতুনা
যুম্বানবগী অমৃত শিথকখিগুম্বী ।
মাগী য়াইফবা পাওহনা
ঐবু কয়া লাংতকনহন্নবা,
কমলাগী মপান নাইত্রবা
থম্মোয়গী অশেংবা লন
মুংশি অমৃত পিরমলে ।
মাগী শুমহৎয়াই ওইবী
শাথেক্লা—মিনোক্লা, মিংয়েংনা

শুক্তুনা ঙাওহল্লে,
মাগী মুংশি কোরদগী হেনদোক্লনবা
ফাজিনহুনা থম্বগুমলে শারংমুঙদা ।
কাইনবগী পুংফম মোংক্লবরনে
মাগী মুংঙাইবা পাংও তাবদা,
অস্থক রারিবসিবু ।

★ ★ ★

য়ুম পানদ্রিবা
লৈশাবী হায়বসিমক্তবু
অকনবা মপু লৈবা নংত্তেদো,
জিপ-কার তোংবা
বাবু-শাবা কনাগুম্বগী
ওইগী লৈতেং ওইখিবদা
করিস্থু অয়েংপা লৈত্রবা
মসিগী মক রাজৈ
ইরন্নইমক ওইনা ।

কনাগুম্বী
শকহেনবা শানৌ অমনা
মুংশি-রাথোক চাওবী
মোইরাং থোইবীগী
শকলোন লৌরকলবা

মতমত্তুদা মাগী
নুংশিজবা নুপাচ্তবু
.লবাক মীয়াম মসাঙ্গদা
পুথোকপদা নৎতনা
শামু খোঙয়েৎপগী
খোঙকম য়োরক্লবা
খব্রায়গা নুংশিবীগা
খন-ওস্নবক্লবা.
মতম অমগী সতীগা
হৌজিক মতমগী সতীগা
খেন্নবনা মান্নদবনা লাওরম্মু ।
খব্রাম্নদদি কনবীয়ু ;
নুংশিবী মা ।
পামজবা কনাগী
সতী শাহনবীয়ু ।
লাইরবা লমজাগী
অৱা-চৈপেংত্তু ফংদনবা
নুংশিবদা চীরোন তৌবা
লৌনম হৈবা মখোম্নদি
খব্রায়গী মমলত্তু খঙদবা
নুংশি মশক খঙজবা

ইন্দ্রিগী মহাওদমক খওবা
ওইহনবনি মখোয়তনা
লেবাক বাথোক।
পোমশাৎনবী লৈমাংগী লৈখোক্না
তীন চওহ্নবস্থ মখোয়নি।
থোংচ নৌজরবী
ওইনা-চাওগনবী
মখোয়গী মিৎলুপী পিরাং
লাম্না-লোম্না
শিনথহ্নবস্থ মখোয়ননি।
য়েংঙ্মদে মৈতৈ লৈকোনগী
লেরাংগী মতৌ।
লেরাংনা পোম্না
খামমিং কায়ে
পোম্না খোইমু ইন্নে।
অরাংবা চেকপন্দা লেপত্তুনা
মায়কৈ মরি-ওন-ওনহুনা
য়েংবিয়ু উগনি শোইদনা
মতমসিগী অওনবা কন্না
অকি হওঙ্গোয়না থারবা
মীওইবগী লমচংতা

অমম্বা মবক্তু চৎনরি
মীওইবা সমাজগী রাংন্দা
হুংডাইবনি খল্লা
শাবী-শানৌশিংনা ।
হৈশিং ফাদবা হৈরাংবু
নমজনা-নন্নুনা মুন্‌হল্লগা
চাববু হাওবরনে ?
ওন্নবনি ঙসিগী সমাজসে
মথক-মখা ।
শোম্মা নৈশাৎ তম
কুমশিং কুপ্পওনা ফাদনা
নোনা হৈক্ত পানবানি ।
মতমগী ঙশিং-হুংশিংকী
ঙশিংদি শাকনি খোঙলৈনি ।
য়েংহৈদবা কয়া য়েংনবা
হায়হৈদবা কয়া হায়নবা
চাহৈদবা পোৎ চানবা
মসিনা ওইহল্লি
অমকপা মীওইবগী লমচৎ ।
মী লাইনা পাম্নবা
মীহাৎপা-ডাকু নৎতনা

মী-চা কয়া
লম্বা তৌনগে লৈবিবা
মখোন কারকল্লবী শানৌশিংনা
মিং ওকনিডাই ওইরবা,
ইন্দ্রিগী কয়াং শিংদা
নমাদা-হৃদনা কপ্পা
মিংফম হোংনিঙদবা
খোয়বা কহনবা
মখোয়গী শংশেন
উরুবদ মহু-ময়াই
ফনলোংনা করম্বা খোইমুনো ?
ফিভমাশিনা মতেংসিনা চৈনাসিন
নৌনা শম্বানগী লম্বাদা চঙনবি !
তুম্বলগি চাইদগী
হেন্না কুপ্না
নুম্বানবগী পন্সি পুঙমদহুনা
নৌনা-শেংনা খাইনহুনা
থম্মোয় মেচাক পুনরি।
ভরু তমেংবা থাজগী মঙানবু
কোরৌগী মঙাননি থন্দুনা
নাথৈথ্রবা মখোয়না

সত্যতাগী রাংমদা
তুকচনিঙাই ওইবা ফিভমদা
খোং-নৌরবী মখোয়না
Night প্রোগ্রাম
তুরিস হোম কয়াদা,
শমোনবা কারগী লৈতেং ওইনা
অমনা অমুক থাঙ
অমনা অমুক হুম
ঈশিংদা থাংনা য়ানবনু
মাম তাবা হৌনবরা
হায়বগী মঙংদা
সহুর-গী জং মফম খুদিং
লৈরে দোরপতী শকতম লৌদুনা
"মৈতৈ মায়চৌশিংনা হায়বদা
মতম অমদা শোয়দনা
খামেনদা কৈরাক থারগনি"
পুয়াগী রাকমদো নিংশিংলকই
পান-হুকানগী মৌনহাশিং
জরদা চাবী কলেজগী হাত্রি
মখোয়গী লমচং তক্লবদা !
... .... .... .... ... ....

য়ুমনাক—খুনাক
লমজাও—শরোক
পিক·· থস্রে
মাজান শাবা-শাবীশিংনা ।
কাতর কয়া কয়া
হুংশি কুজবোল্লি খনত্থনা
মখোঙনা থোংনা চৎতুনা
সাবিত্রিনা স্যত্তবানবু
সেবা তৌবগুম তৌরুই
কনা-খঙদবা মফমতুদা ।
মতমসিগী লৈশাবীশিং অসিবু
মোগীশিংদা চল্লবী ঙাক্তা ওইরবনে ?
রাবনা সীতা হুগদবগী
অরোন - অথুপ য়েংহুনা
লৈবগুম লৈরবা মতমসিদা
কিদনো সতীগী তুংনকম,
মখোয়গী মতৌনা লমচৎনা
কনানবুদি থাজরোইদগে
লৈশাবী হায়বগী অর্থ
ঐ খঙদে
নিউক্লিয়ার য়ুগ অসিদা ।

* * *

মতমসিগী ঈশিং-নুংশিৎসিবু উরুবগ
নোংম। কমলাদা
রাহং অমা হংগে খনলুই
নিঙবু নিঙলবদি
থোকঅবা অমা লাকই।
তানডা অমা ফংলে
প্রাইভেৎ তন্বা লাকপদা
ইখঙ–খঙলা
ফাগি-ও …
কমলা—নঙবু
মৌগীশিংদা চঙ্লি রা?
শাওংঙন। দে শাওরকই
রাহংতুদা মানা।
"কনা হায়রিবা
ঐবু …বগী …রা" ?
"তুলশি—মনাগুম শেংই
খল্লিবা ঐহাকপু"।
ও: খল্লি পুক্লিংদা
অরুবা রাহংগী পাওখুম
লৈগনি অরাইবা পাওখুম
অফবা লৈ অফবা খুৎলাইনি;
রারৌবনা থল্লবা শকফমদো।

অসুক মতিক শাওখি ।
"অতোপ্পা কনা অমদা
হওবা য়াবা নত্তে
ব্রাহংসি খল্লকই ইতোমন্তা ।"
কোরৌগী মৈশাদা খোৎলবী লৈনান।
খুইথরগুমই মাগী মায়থোংদো
শাওরংনবীদো শাওদনবা
ব্রাফম অমদা পুথোক্নুনা
ব্রারী শাবা হৌই ।
নওগী আশা করিনো কমলা,
ভাং,নিংগুম—ভাংনিংদবগুম
ঐগী আশাদি ইমা-ইপাগী
মখ পোল্লি ।
েখেরনিগী নুংশিবসু
নখা পোনবা তারিবরা ?
শ্রোইভেৎ হল্লকপগী চোকখবনে,
ব্রাহংহনা মক্রক-মক্রকপনে
লুতুং তাবী শমলাংদো
চোইজায়না মমাওদা থাদরগা
চেপলপ য়েংহনা
'চিংনবা হায়বসি থাজদবগী ব্রানে
রাম্না সিতাবু বনদা হন্দোকখিবা

তমথিনা—থাজদবগী মতৌনি”
করিগুম্বা হীরম অমদা
তামোনা চীংনরি ঐবু,
ত,মোদি মুপানি
তরাগী মপু ওইবা য়াবা
মুপী ঐখোয়দি
খোঙফম অমা শোয়বদা
পুন্সি লৈখা তাবা।
পামজবা মায়থাবা কনানা
মুপী ওইবী কনাগী
থুদাং পায়রুবদা
পাওথোকপীবা মীওইবা সনাজনি।
মুংশি-মুংওনগী থাক তানফমসিবু
অহল-লমনগী পাঙতোক
লৌবদা লৎনরোইদ্রা থল্লি।
ঐগী আশা ওন্ন-তৈনবনি,
অহিং-মুংথিল অনিমক্তা
মহাক্তগা উন্নহনা
মুংশি-রাহং পাঙখুম্নহনা
লৈনিঙলুবা আশানি।
কনাগী মুংঙাইবগা
থৌদোক অনিগী খেন্নবহু

খণ্ডলে ঙসিদি
উরে খোইশাওই
উয়ে লাংতক্লে।
ব্রাহং হংলুবগী থৌনাদো লৈত্রে
অরুম্বা নাবা মীগুম
তাইফেৎ তায়ে
পুক্লিং—হকচাং অনিমক ঃ
অচৌ-অপীক থায়বা
ঙসিগী সমাজসিদা
ঐখোয়নিগী মরিস্থু
হেক খণ্ডখিবদা
আশাদা গাইরগদবা।
শাফু-কন্না ইরম কয়া ফাংনা
মায়কৈ খণ্ডদা হুমলক্লে।
কৈদৌরে ব্রাহং হংলকত্রবদি
"কৈস্থু তৌদেদা কমলা"
মায়থোঙনা পুক্লিংগী মিংশেল্লি
হায়নরিবনি তামেং,
ঐস্থু খণ্ডে পোৎলুমদো
চিঙথুবগী মমোমলোই থাদোইদো
নুংশি মগুংলাংগীদমক্তা
মপাবুংগী মায়োক্তা

থম্মোয় লান থেংহুনা
লুংশি-পুনথুং য়োখিবনি ।
নিঙোল ওইবীশিংগী নিংঙাইবু
পলেম-পনথৌ ওইবশিংনা থেমঙমলোই
নিঙজবা মুর্ত্তিহুনা মমাঙদা লেপ্পরবদা
নিঙোন পুক্নিং থুংগদৌরিবনি ।
মাগী ৱাঙাং হৈবনা
অমুক ৱাহন, অমুক লুংঙাইহন.
খোই-মহুন্দা চৈনা থিনবগুম্মই
অরেঙ থুদিং চিকপংন্‌ই ।
ইতোমতা থনবদা ওকই
লুংশি নঙগী নতোসে
চারে চাফম খঙদবা
তুমলে তুম্ফম খঙদবা
চৎলে-চৎফম খঙদবা
মৈরি থোক্তনা ওমহুনা
ওমচাক চাকপা ৱামৈগুম্বনি ।
ইনাক্তা মোমোন নোক্তুনদা
লৈহননিঙবা মাগী শকফমদো
কয়া লুংশিবা কয়া পামজবা
লৈহুনা মানা ইনাক্তা
হায়নিঙ-তমনিঙবা ইপাও কয়ানি ।

নুমিদাংবাই ঙাইহাক চৎমিন্নবত্নু
কয়া নুংঙাইরবা
মীতিক মারৌ খঙগনবী
মহাক্কী ফাগি জুগাইদা
থম্মোয়না কয়া পেনজখিবা ।
মায়থাবা খেইমু কনান।
থবাই-হকচাং য়াওনা নুংশিজবী
কনাগুম্বী শকহেনবী অমম্বু
নমত্নুনা চিংত্নুনা পুরক্লগা
পম্মৌ মোংবা মরানয়াইদা পুরক্লবা
মত্নুদা হরাওজবদো নুপাত্নুনা
মতৌদ্দমকনি এহাক ।
য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈ খুদিং
ইফ—ফজবা
ইনুং—নুংঙাইবা
তনৌ—তনৌবা
পুক্লিং—হকচাং অনিমক ।

* * *

মৈরানবীনা মৈনুংদা চোংশিনবা
পামজ—মশুংলাংগীদমক্তনি
চঙনা স্বর্গ কাবগুমবনি ।
নুংশি—ইপাকক।

থম্মোয়—ইপাককা
সমুদ্র—ইথককা
থম্মোয়—ইথককা
পাক্লবা—ঈপাকক।
থম্মোয়—ইপাককা
অমনা হেংদে
অমনা ব্রাংতে
মহা—সমুদ্র ভাকতনি।
তনৌ—তনৌবী লৈরাংন।
মালং—শাহুম ফংবদা
থেক্লা-হায়না হুম্বগুম
রুপ গুণ চঙথোনবী
মিৎ পেন্নভাই ওইবী শানোনা
ম্রিংম্রেং নাম্রেং
খোঙথাঙ-খুৎথেককা চাননা
নোমনা—নোমনা
লৈনা হুনা
জগোই খুৎথেক তম্বদা
কনাগী থম্মোয়না
থম্মোয় ঈরাং হোবোইদগে?
মালং-শাহুম কংবদা
ফৌমানা লেঙ-লেঙ চৎপাগুম

কমলানা মোমোন মিনোক নোঙুম্বা
নোম-নোম চৎতুনা
শক্তি মিৎয়েং য়েংহুনা
থেক-খোইবা মিৎচিনা
খম্মোয় কিশি কিরিবা
মহাকাব্যগী হৌরকফম
নুংশিগী হৌরকফমদনিদা ।
ঙাইহাক ঐ রা ঙাংলুদ্রমানে,
ইতোমদা ইকাইরকই ।
মাদি ঈশৈ ঙংহুনা চৎলমই,
"নুংশিবা নঙনা ঐবু ঙাওহল্লে,
খোঙথাঙ খুদিং নঙবু নিংশিংহল্লে,
শুমহৎলে নঙগী শুমহৎন ইনা ।
লোনথোক্কবী ওইহল্লে
পঙলবী মুজানু
পাম্মু নঙমী নুংশি নত্তেনা ।"
ভালোহে !
নঙদি ঈশৈ য়াম্না হৈরমলিপে খনিদনা
নুপীনা জগোই ঈশৈ হৈত্রবা
জুগোৎ চাবী ওইররোইদবনি ।
ঐনা হায়রিবহু মা
তাখিবরা— তাদবরা খঙদে

ছিংচাবসিদি হায়রম্লগা চেনশিনখ্রে
মখোয়গী কোম্ন্হৌংদা ।

*  *  *  *

চহি কুমজা অমা হৌখ্রবদা
অরা-নুংঙাই য়ান্নহনা
নুংশি—ঋতুগী অয়ুকস্থু হৌখবে ।
কোবৌ শিংবুম কয়ানি
চংখিবগা লোইননা
রাখন লৌশিংস্থু
পাকখোক-চাওথোবকই,
হকচাংগী ফিভম মুর্ত্তিস্থু
চুং-ফবান চাবকই ।
হৈ-পান লৈপান কয়াস্থু
য়েনিংথা—নাকেনথা
নোংজুথা - কালেনথা
চংখ্রি অস্থুম লেপ্প লৈতনা
মতম মাগী গর্ভনুংদা ।
ওসিদি কমলা
হায়স্কুল পুন্সিদগী
কলেজ পুন্সি য়োরক্লে ।
নুংশি—লৈনমস্থু
কুইরা—কুইরগা

থোইনা হেন্না নুংশিন্নকই
নুংশিবগী মথক্তা ঙসিদি
অপাম্বসু ফাওরক্তুনা
নুংশি লৈপূন ওইনিঙবগী
অপাম্বা খৌরাংবা লাংতক্নবা
য়ুমদা লৈরে
নুংঙাইফম খঙদবা,
লমদা—চৎলে লৈতাফম খঙদবা
নুংশি লংহরেম্বী নঙসে
ব্রাথন চাম্না-নিপানগী মপুনি
খনবগী শোইনাইদবা
লোক্তা লাইজ ঈচেগুম্বনি।
মা-মাগী নুংশিবী খুদিংনা
মাই—পুংশক্তদগী হেন্না নিংথিজে
হেন্না—রাশ গুণ লৈ
নিঙনরিবা ঙাক্তনি।
মসি হেৎশা ওইরগনি খল্লি।
কমলা নুংশিদাংরাইগী
নোংজাবাগী ঙা-ঙানবা মশেক্তা
ঈশিং-সাবুন য়েপলহনা
কোয়রাঙ বী মিৎস্না
কুফেৎ—৲ ফেৎনা

লোমা-হনা য়েংহনা
খোইরুম মোমোন মিনোক তম্বহ
মোনালিশাগী মোমোন মিনোক্তা
তানবা ফংবা নত্তে
থম্মোয়বু শুমহৎলিবা
হকচাংবু তুজুং মানজুংহন্নিবা
হুংশি শরুক
চামা হেনগৎহনলিবা মিনোক্তি।
পৃথিবীগী মীয়াম্না য়ানৈ
মোনলিশাগী ফোংবা ওয়রোইদবা
মাগী মোমোন মিনোকতু
লাম্বা তৌনিংঙাই লৈত্তে হায়না
মহু ঐগী ইকমদদি ওইথোক্তবনি।
মাসমদি থাজে
নোংদোন থরাম্নিচাককুম্না
য়েংবদা তনিক-তনিকপা
ময়োন কায়কলিবী শকুন্তলাগী
উকু—শেং জাতাবু শকতমদি
নোংদোন থাজনা।
অমংবা নোংপাক মরক্তা
মরি-শাম থোকপগুম
ফোংনা উবদগী

লোল্লা উবা পোৎশক্লা
পুক্লিং ওমহৎনিংঙাই ওই
হায়বসি ঐস্ন য়ানিঙই ।

*　　*　　*

হায়স্কুল পুক্সিদগী
কলেজগী থাক য়োবা হায়বসি
মহৈরোইশিংগী মকমদা
খ্বাইদগী মুংঙাইবা অমনি ।
মথোন-কারক্লিবা কারক্লাবীশিংনা
Up—To—Date গী
ফিজোন শেৎ-চারন্থুনা
মনি মুক্তা চাইথোক্তুনা লৈবগুম
মচু কয়াগী কুরাক্লা
কোইপাই পাইবগুম
য়েংবদা নিংথিজবা
উরুবদা ওমহৎপা
মফমসিদা মহৈগী লোইশং ।
হায়স্কুল থাক্তগী
কেবা—মোবা অসি
কলেজ থাক্লা মহৈনলে ।
কমলাগী অকে-অবোগী পোৎনা
অলমিরা অমা পিক থনলে ।

ঐগী পুক্নিংনা ফজরে খললিবা অত্থক
ওসিদি মীয়ামগী
মিং থক্কফম ওইররে।
হুপী ওইবীশিংগী
তৎনা থানবা য়াদবা
তাৎ অমা লৈ;
মহুদি মীপুম খুদিংনা
খওনা—উন্নরবা ঙাকনি।
লিকোন শান্নবা
কাং—শান্নবা
য়াওশং—থাবল চোংবা
নিঙোল ওইবীশিংগী
পুক্নিং—হুংঙোনবা
রাখন মতোন চোংবা মতমনি।
★ ★ ★
নোংমা হুমিৎদাংরাইরম সন্ধ্যারাইনি
মতম চুপ্পদা নিংশিংহুনতা লৈরবা
লোলথোক্কবী থম্মোয় কমলানা
ঐখোয়গী য়ুমদা
মমান্নবীময়াম অমগা
ইতৈমগী অউনপোৎ য়েংবা লাকখিবহু
থংনবা কাদা ময়াম

নোক-খেন্নত্নুা ব্লারী শানৈ ।
খোনজেল ময়ামত্থু নম্নহৎতুনা
ঈঙ-তপচবী মাগী
খোনজেলদমক তারুই ।
ঐস্থু থোক্তুনা
তরাম্না কৌকবা য়াবনি
অত্থু থোক্তুনা কৌরুদ্রে ।
ফিরোন—শেংলগা
মখোয়গী মাঙদা অত্থম থোক্লে ।
মখোয়না করি খনলমগদৌবা
ব্লারৌ চাওনী মহাক্না ব্লাবৌবমগন্দ্রা
অত্থমদি ও খঙদ্রে ।
মীপুম খুদিংমক
নুংশিনবা নুংশিনবীশিং
কনা-কনাগুম্বশিং
য়ুমদা লাকপদা কৌবা ঙম্নদবা
মায়—ভাংখৎনবা
হঙ্গৎনা য়েংবা ঙম্নদবা
হৌনশা ওইরমানে তাইবংগী
য়ুমদা লাকপা কৌহৌদবগী
অনুতাপ ওইরমলে,
তুম্বা চাবা খোয়জংদবা

খাখলগী পল্লেপফম খণ্ডদবা
হায়ফম তৌফম খণ্ডদবা
অমা তৎতনা ফাওরি ।
নুংঙাইতবা পুক্নিংগী
পেনত্রবা ময়ামসে
মণ্ডলান্দা অস্লম্না
ঐ য়াম্না থাপ্লা
মফম অমদা চৎপগুম তৌই,
কমলা ইমাগী মমৌ ওইবা
কুইদ্রিবগী মওংনি ।
অযুক ভস্নানি
লাইনিংথৌ খোরম্বা লোইরহ্না
স্নুইকেশ অমা পায়রহ্না
ইমুংদগী থোরকপদা
ইমা, ইতৈমা মমৌ অনৌবীনে,
গনাদেবায় পূজা তৌরমই ।
এনা থোরকপদা কমলানা
সিন্দূর য়াওবা
পাত্র অমা পায়রহ্না
সিন্দুর নমগদবগী ভাইহ্না লৈ ।
খোনা ফনা চণ্ডশিল্লক্লুনা
সিন্দুর নম্বগী থোনাহ্ য়াওদমাল্লে,
খোঙবীনা লৈমায়দ ভক্লুনা

ইকাইবনা ভাংশিন্নবা মায়থোঙহ
হায়ঙম পুঙমদনা লৈ ।
"মতৌহ্ উবদা ইতৈমনা
নম্মুবোদনা সিন্দুরদো
চৎখিবনা হান্ননি"
ঐ ইকাইবনা
মায় লৈথোরকপদা
খোঞ্জেল অমা তারকখি
তুংলোমদগী ঈমাগী
"ঈমাগী ইবুংঙো
য়াম্না থুনা হল্লউকো"
ভুং হন্না অমুক্কুং য়েংনিঙবনি
ঈমাগী মায়থোং অমদি··· .
য়েংনিঙ-য়েংনিঙ য়েংঙমদা
ঐ অত্তম চৎলে ॥

লোইববা



সনাতোম্বী খুমনগী ফোংগদবা লাইরিকশিং—

(১) লৈমন চনখিনু শিডেন নওবু

( মুংশি-মুংওন শৈরেং মখল-মখা )

(২) শকখঙখিদ্রবা থম্মোয় ( য়ারী-মচা )

(৩) লোনথোক্কবা মূর্তি ( কাইনা তেংথা শৈরেং